খুশ্বন্ত সিংহগী

# ট্রেন্না পাকিস্তান তম্না

## (Train to Pakistan)

এলঃ বীরেন্দ্রকুমার শর্ম্মা

খুশ্বন্ত সিংহগী "ট্রেন্না পাকিস্তান তম্না" (Train to Pakistan)

Data Enter

হন্দোকপা : এলং বীরেন্দ্রকুমার শর্ম্মা
য়ুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল

অহানবা ফোঙবা : ২০০৮

ফোঙজবী : শ্রীমতি ইন্দুরেখা দেবী
মখুম : চূড়ামণি
মশিং : ১০০০

মমল : লুপা ১৫০/-

ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং : ১। পিরাংলক্ত সোরো (১৯৬৭)
২। খৃষ্টোফর মারলোগী
"ডাক্তর ফোষ্টস" (১৯৮২)
৩। সেক্সপ্যারগী সোন্নেট্স (১৯৯২)

টাইপ সেত্তিং : থিঙুজম দোরেন সিংহ, য়ুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল।
নম্ফম : ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, মোইরাংখোম লাক্লাওবুং, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরদং

Train to Pakistan খুশ্বন্ত সিংহগী মালেম পূম্বনা শিংথানরিবা হৈজিং ফারবা খুদোলনি। ইং ১৯৪৭, হিন্দুস্থান অমদি পাকিস্তান খাযদোকখৈদা কাঙলুপকী হাৎন-শুনবা কয়াগী মৈবিলক্ত লাঞ্জখিদ্রবা থৱায় কযানা শিঙম-নাঙমদনা মপুন্সি কেমথ্রবা মতমদুগী চবাংনবা, তংদু লৈতাদবা, কাং-খোং চাইবরা পুন্সিবোল অদুগী মনুংদা শাগৎখিবা থদৎপা ঙমদ্রবা 'নুংশিবগী ঈচেল' অমখক্তা যুম্ফম ওইবা উপন্যাস অমনি। উপন্যাস অসিবু হান্নগী রাষ্ট্রদূত অমদি জাতিসঙ্ঘদা ভাবতকী প্রতিনিধি ওইবা Arthur Lall না "... It deserves to be recognised as a classic" হায়না মালেমগী মীযামদা মশক তাকখি। তশেংনমক ইতিহাসকী কাউঙন্নরোইদবা তাঙ্কক অমদা মকা হুনখিবা, তাঙ্কক অদুবুসু হাকথেংননা থেংনহৌববা খুশ্বন্ত সিংহগী উপন্যাস অসিমক্তি ভাবত সাহিত্যগী লৈকোন্দা ভোমথিল ঙাল্লিবা Classic অমনি। উপন্যাস অসিবু American Scholar না "নোংমৈ হিদাক, ঈখেঙ অমদি পিবাংগী ময়ায কয়ানা তিনশিন্নবগা শেমখিবা, মযাক কনবা সোমবসনি" (A brew of brimstone, blood and nitric acid served piping hot) হায়না শৈথাবকপা মতমদা Sanfrancisco Chornicle নদি মতিক মগুণ চেনবা "A powerful book" হায়না শিঙথাবি।

অচুম্বমক্তি, খুশ্বন্ত সিংহগী উপন্যাস অসিমক্তি মতম পূন্নমক্তা ইনৌদা নৌদুনা লৈরবা, ইতিহাসকী থৌদোক ৱাথোক কয়াগী মমি তাবা, কাঙলুপকী ঈরাং, রাজনীতি অমদি থম্মোয়গী ঈহুল কয়াবু ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লিবা মতমসিগা ওম্মোক্লা চূনরবা লৈমন চনবা লৈরবোইদবা নাচোম অমখক্লি'। নাচোম অসিবু ইমালোলদা হেক্তুনা ইবমদমগী পূক্কেদা পুশিঞ্জনিংবা অসিমক্তনা ঈথিল ওইরগা হৈত-হৈত খূৎ থারুবনি। মহৈ য়ানবা য়ান্দবদি পাবিরিবা অমদি নৈনবিরিবশিংদনা লেপ্লিগনি।

মসিমসু হাযদবা ঙম্লোই। ডা: কমলগী মাধবীবু পাকবা কণাগুম্না মপাল লমগী মীওই অমনা মণিপুরদা শোইদনা লাক্লিংগনি। যেংনিংগনি কমলগী কাঞ্চি লৈকোল, চন্দ্রনদি অমদি হৈবোক চীঙ। ঐস্ খুশ্বন্ত সিংহগী মানো মাজ্রা, চন্দননগর অমদি অদুঙৈগী খোং নম্নোনবী অদুবু উনিংবনা পঞ্জাবকী চিদায লমদা অতেনবা খোঙচৎ অমা চৎখি। পঞ্জাবকী মরূপ জর্জশিংনা লমজিংবিদুনা যেংবা যাবা কযা অমসু যেংলকই, চৎনবি অমদি নাৎকী ওইবা কযাসু থিজিঞ্জবকই। পুম্নমকশিং অদুনা লাইবিক অসি হন্দোকপদা অচৌবা মতেং অমা ওইখি। মখোযগী লমন তোল্লবনি।

ইং ২০০০ দা লাইবিক অসি হন্দোকপা লোইখ্রবনি। ঐগী ইনাওইবুঙো শ্রীথিঙুজম দোবেন সিংহ, এম: সি: এ: না মখূৎমক্না নম্বীখ্রবনি। অদুবু অসুক কুইবা মতম অসি কবিগুম্না অমা নত্রগা অমনা মরম ওইদুনা ফোঙদোকপা ঙমখিদে।

খ্বাইদগী নুংশিবিবনা খুশ্বন্ত সিংহ মশামক্না কবিগুম্না অমত্তগী মন্তিক্লবা লৈতনা হবাউ-হবাউ অযাবা পীনবিবকপা অসিনি। থম্মোয চাউববা মীশক অসিমক্কী লমনদি কৈদৌঙৈদসু শিংবা ঙম্লবোই। লমন কযা তোনশিঞ্জবগা পুখোকচবিবা মপুঙ ফাদ্রবা খুদোলনি হাযবসিমক্তি ঐ ইশামক্না যাজে। অসিগুম্না খুদোল অসি সাহিত্যবু যোকখৎপিবিবা ইবৈচাশিংগী মফমদা শিন্নর্জব।

বীরেন্দ্রকুমার শর্ম্মা
যুম্নাম লৈকাই
২১।৭।২০০৮

# ডাকু ডাকাতি॥

## ১

ইং ১৯৪৭কী কালেন্থাদু ভারতবর্ষগী লৈমায়দদি হৌখিবা ওল্লাংথা কযাদগী ইতোপ তোপলম্মী। কুমগা লাইগা পাবা হায়বদুনি। মহৌশা লাইবেন্থীগী অঙৈং-অশা ফাউবা চহী অদুদদি ভারতকী ওইনা ওন্থোকপা অকিবগী শক্তম অমা ওইখি। কা হেন্না ওল্লাং-ওনশাউনরম্মী, কা অমা হেন্নসু কংলম্মী অমসুং উফুল-ৱাইফুল থাংলম্মী। শাংখ্রেদা কালেন্থাদো কুমদুগী ' ওন্থোক্লসু থিম্থখ্রে নোংজুথা কৌবীদো। চযোল কযানিবোম অপাবা নোংদোল লৈচিন্না লৈখাদা করেন্নখি, নোংদি মবীক অমফাউ থীকখিদে। মীযান্না শোন্নখি "তাইবঙ মপুগী চৈরাক্লি লঙজখিবা ইবালনং।"

তশেংবমক মতমদুগী মীয়ান্না মখোয লোইনমক মপাপ চেল্লবনি হায়না চেৎনা থাজনখি। ওল্লাংথাগী মাঙওইননা পাউনিলখোল কয়া কয়াসু শন্দোরকখি– ভারত ইমাবু অনী থোক্লা শেগাইবিগদৌরে। হিন্দুগী লৈবাক হিন্দুস্থান, অমনা মুসলমানগী লৈবাক পাকিস্তান। কাঙলুপকী ঈরাং, চরাঙনবা অমদি হাৎন-শুনবা কয়াগী থৌদোক ৱাথোক্লা নোংম-নোংমগী হেনগৎলকই। অমদগী তরা, তরাদগী চাম্মা, চাম্মদগী লীশিং লীশিং। মুসলমানশিংনা হায়– 'হিন্দুনা হৌরকপনি', হিন্দুনা হায– 'মুস্লিম্ননি।' অদুবু মসিমদি তশেং-তশেংই, অনীমক অমনা অমবু পঙহাৎতা হাৎনৈ। নোংমৈগী লান, থাঙগী লান, তাগী লান অমদি উত্তুপ-ৱাতুপকী লান্না কাঙলুপ অনীগী মরক্তা মচি মচি খুদিংগী নোংমতা কাংলমদে। ওৎপী নৈবীবা অমদি নুপী ওইবী কয়াগী ইকাই ফিরুক হাংবগী থৌদোক-ৱাথোক্লা খূরক হাংলমদে। কলিকাতাদগী অৱাংলোমদা, নোংপোক্তা অমসুং নোংচুপ্লোমদা অসুম'সুম শন্দোকখি। মথংদা নাওখালি, মফমদুদনা মুসলমানশিংনা হিন্দুবু পাক্তক্লা হাৎপা, বিহারদনা হিন্দুশিংনা মুস্লিম্বু